# লাই অমগী বিন্দু

(অনন্ত শেরে থর)

খনগংলব মতমগী কবিশিংগী
পুমনৌ নোরব কবিতা ।

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
ইম্ফাল ।

মহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফাল্




[illegible] অফিস

ইম্ফালগী লাইব্রেরিক য়োনবম দুকানশিং



মশিং ১,০০০

অহানবা কোংবা, ১৯৬৬

লাইব্রেরিকী অপুনবা ৱাংকম্ থোকপা পাঙ্গল্ পুরমক্ সমিতিগীনি।

মমল্
লুপা ২·৫

নম্কম :— ডি মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিশিং সোসাইটি লিমিটেড
(প্রেস সেক্সন) ইম্ফাল।

## লাই অমগী বিন্দু

টিএইচ, ইবোহল

ঐ লাইয়েকপ'নি,
ঐগী নোপ্লবা তুৰিসে
তসবির কয়ানি ঐনা শেমখিবা।
ঐনা য়েক্কনি শুসিন্থ
ফজবা তসবির অমা
মপুং ফারবা,
নিংথিরবা,
পুক্কিং হুরবা।
লেংদনা লৈয়ু নংনা
ঐগী মাংগী কম্নবা
ঐনা তাকপা লৈকোনসিদা।

ও !

থরদং নোকউ

ঐনা পাম্বত্রা,

ঐন উথিবা মীনোক অত্তদা

শেম্লগে ঐনা, ঐগী তুরিনা

ঐগী পুক্নিং হূনবা।

লৈই অমদগী লৈই অনি, অসুমক

চিংলগে ঐনা, ঐগী পেম্নবা।

নিংশিংউ—

অত্তুগা য়েংউ,

অরাপ্পদা,

য়াম্না লাপ্পদা,

সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা, অসুকপা উমংত্তুদা

লোৎতুনা লৈহৌবদাই, নোংলৈগী ফুংশিং ?

লাক্লগনে ঐগী নাকাসদা

চেকশিন্না পাম্নরিবা ঐগী তুম্নি,
শমলাংনা নামা চোইখিঙৈ
নংনা অমুক কপকনি
নংনা অমুক নোকনি।
মতমহুদা ঐসু তুমিন্না,
ওইনগনি লোম্না
কৌগনি ঐনা অমুকসু নংবু
ও!
ওইনচাওবী—
ঐগী ওইনচাওবী!
অহুগা,
ঐনা অমুকসু হাগনি
মীকুপ অহুদা থনগনি।
হুংশিবা নংগী ভসখিন্নদা
মংলান অমা মঙখিঙৈ,

অহৌংগী লাইরেম্বীনা চনখিবা
অর্থনা থল্লবা পাউখোংদো,
ঐনা ফো'বা ভম্নরোইদ্রা
লোননা লোংখিগদ্রা তুরিনা ?
ও !
ঙসিদি ঐনা কোয়রুগে,
কোম্বনা চংতুনা য়েংলুগে,
আর্টিষ্ট কয়াগী, মিউজিয়মদা লৈহৌবা তসবিরঃ
অহাৎ চুপ্পা খোৎতুনা
চল্লবা মখোইগী লৈইগী পাউখোং
ফোংলুগে,
কোম্বনা চৎতুনা ফোংলুগে।
মংলৈবাকী শুমহৎলবী, হেলোইগী মীনোককুম
আর্টিষ্টকী মিংয়েংদা, তসবিরগী মিনোক
য়েংলক্তে,

পৃথীবী শিন্না য়েংলকে।
থবাই পাল্লিবা কয়া, পান্দ্রবা লিশিং
পুয়ক্ননি ঐনা লোৎতুনা
ঐগী নোপ্লবা তুরিদা, নংগী মাইথোংদা তিন্নবা।
ও!
কদোমদনোনে
ঐগী তসবির!
বিন্দু অমতনি ঐগী থম্মোইগী,
ঐগী পেন্নবা বিন্দু অমা
ঐনা কদাইদা নম্রসিগে!
ক্ষোংলগেনে ঙসিদি
অংৈঙ লাইয়েম্বীগী পাউথোং।
ঙসি ঐনা য়েংবদা,
হাইফেৎ নোক্লিবা চিম্বান্দা,
হাইফেৎ শুক্লিবা পীশুমদা,

নৌম্বী নংগী থুবেঙদা
ঐনা কদাইদা নম্মসিগে ?
ও !
কদোমদনো ঐগী বিন্দু !
বিন্দু অমত্তনি ঐগী থম্মোইগী ।

## নীংশিংলিবরা মনোরমা ?

নীলকান্ত

**Do You Remember an Inn, Miranda. ?**

কৌক্রু চৌংগী চৌংদোম্দা ইবানিনা শাগৎলবা ঊনাগী থাংপোক
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
মওংনাইদ্রবা ঊনাগী থাংপোক হায়কম থঙদ্রবা কৌক্রুগী হুংশিং
পন্নেপকম থঙদ্রবা মীওইবগী পুন্সি নংতনা থঙবা ঐগী থম্মোই।
হুংশিংনা বা বা শীংলকপা নোংলৈনা ঊক্কউক্ক লৈশিল্লকপা।
হুংশিংইদ্রবা মমশিল্লকপা অমংবা নোংগী মপৈ
নোংথাঙগী তথক্লবা শাথেক
অকিবা নোংখোং।
-মেত্তম অচুদা নহাক্লা ঐঙোন্দা চেৎনা কোন্শিল্লকপা

অমসুং মতুদা ইবানিসু কয়াদা নোকমিন্নথ্রবা !)

নীংশিংলিবরা মনোরমা ?

নীংশিংলিবরা ?

বসন্তগী নামিবা মলয়ানা চৌরবা উনাশিংবু তনিক তনিক লাউহন্নরকপা

ঐহাক্কী থম্মোইবু নীকহন্নকপা

নহাক্কী থম্মোইবসু নীকহন্নকপা ।

অহবু য়েংশোকখিবদদি কনা উনবা উনাগী থাংপোক নত্তনা

নহাক্কী উনাগী থাংপোক

ঐহাক্কী উনাগী থাংপোক

নং অমসুং ঐ

ঐ অমসুং নং ।।

নীংশিংলিবরা মনোরমা ?

নীংশিংলিবরা ?

অমম্বা অতিয়াগী অহিংদা নিলংথাংলবা সহরগী মৈঙান্দা

নহাক্কা নোংম থুদোক্নবী পিন্দুনা থাংপোক্কী উনা অমতং হুন্দোকপা

য়াওনিংলকপা সহরগী তপথদবা মুয়দা ।

শক্লকপা নহাক! কৌক্রুগী অরোইবা নাইদবা ঈশৈ
মলয়া নুংশিৎকা কোয়বা লৈরাংগী শাথেক্তা তিন্নবা
অমম্বং ঐহাক্কী থম্মোইদা তিল্লুবা ।।
নোংশিংলিবরা, মনোরমা ?
নোংশিংলিবরা ?
নংনা থাজবা কৌক্রুগী লৈরাং মখাঙ শোমজবা কৌক্রুগী হৈরাং
নহাক্কী পুন্সি লৈরাং ঐহাক্কী থম্মোয়গী হৈরাং ।
হৈরাং-লৈরাংনা শাগৎলবা বসন্ত নামোবা মলয়ানা থোগল্লবা ঋতুরাজ
কৌক্রুগী চাক্রবা চীংজোনগী সুর
নহাক্কী পুন্সিগী সুর ঐহাক্কী পুন্সিগী সুর
সুরগী অরোইবা পল্লেপকম থম্মোইগী শান্তি ঙৈহোকম
ইবানিগী উনাগী থাংপোক ।
নোংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা !
কৌক্রুগী উনাগী থাংপোক্তা

থাবল কয়ানা নোকখ্রবা বসন্ত কয়ানা শাংখ্রবা
হৈরাং কয়ানা কেনখ্রবা বসন্ত কয়া হোখ্রবা !
অমংবা নোংগী মপৈ কয়ানা ইবানিগী থম্মোইবু নীকহনখ্রবা
অহিংগী অমম্বা কয়ানা ইবানিগী পুন্সিবু মমশিনহনখ্রবা ।।
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবরা ?
অদুবু নহাকসু থজলিবদুমক্তাই
ইবানিগী উনাগী থাজপোক্তি লোইখ্রে উৎওনখ্রে মোংম কৌক্রগী
চাকহনখ্রে থজহৌদনা লৈরে অমদা অকিবা ফংনা চাক্থংলকপা চীংদোন্না ।
ঐহাক্তী থম্মোইবু চাকহন্নলকপা নহাক্তী থম্মোইবু চাকহল্লকপ,
অরোইব নাইপ্রব মৈরি
নহাক্তী পুন্সিগী মৈরি
ঐহাক্তী পুন্সিগী মৈরি ।।
মৈরি অদুগী মক্তান্দা ইবানিনা চেৎনা কোনশিন্নরদুনা কয়া কুইনা কপখ্রব !
নহাকসু কপ্পা ঐহাকসু কপ্পা

কৌক্রম্ভ কপ্পা।
নীংশিংলিবয়া মনোরমা ?
নীংশিলিবয়া ?
কৌক্র চীংগী চীংদোন্দা ইবানিনা শাগংচরম্বা উনাগী থাংপোক্
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
নীংশিংলিবয়া ?

## ঐনা শিন্নগা নীংশিংবিগনু

শ্রীকাংজম্ পদ্মকুমার সিংহ

ইরৈবাক্ ইরৈকাই মচাশিং !
ঐনা হয়েং শিন্নগা
ঐবু নীংশিংবিগনু ।
ঐনা পীবনা বাংলি.
নখোয়না তৌবিবনা হেল্লি
ঐনা নাংবনা মরীকৃনি
নখোয়না হুংশিবনা সমুদ্রনি ।
কালেনগী শারবা হুংথিল্ চুপনা
হমমিন্নজুনা
হুংশি বারী শামিন্নবা
মোমোন্ .মামোন্ নোক্মিন্নবা

করিনা লমল্ শিংগান ?
কুমগী বসন্ত লাক্তুনা
লৈরক্ কোম্বোং হৈ-?লগী মনম্
নমবা কাল্
ফিজোল্ অহন্বা হোংহুনা
কোয়মিন্নবা হয়াও হয়াও
করিনা লমল্ শিংসিগে ?
কুম্মৈ মতমদা
চরি মন্দির কয়াদা
কোয়না চেনহুনা শায়মিন্নবা ;
তুরেল্গী তোরবান্দা
লৈঙোইগী ভূম তাহুনা কাউনখিবা
কাওরোই কাওরোই কাওয়রোই ।
নাহাগী মতম্ ওইরক্পদা
অনৌবা তাইবং লৈকোয়্ংদা

হুংশি পাউখোং চন্‌মিন্নবা
অরা হুংঙাই পুমিন্‌নবা
করিনা লমন্‌ শিংগনি ?
নোংমগী মুমদাংরাইরমদা
ঐবু হুংশিবা অমনা
ঐগী ঈরমগীদমক
ইকাইবনা লুতোন্‌ শাংখিবা
করিনা লমল্‌ শিংগনি ?
লৈকাইশিংগী মী
লৈবাকশিংগী মী
ঐঙান্দা লাইনি
লুনা নীংগদবনি মখোইতনি ।
মকমসিদা পোক্‌পনি
মখোইগা লোয়নবা চাওবনি
মখোইগী লমল্‌দি শিংথনা লোইরোই

লোইরোই লোইরোই লোইররোই।
ঙসিসু চৎমিন্নরি
ইংলবা নিংথমথাগী সরক্সিদা
ঘারীবাতাই শামিন্নহনা
মসিগী লমলদি করিনা শিংগনি ?

## শকখঙ্দব শকফম্

শ্রীথাগোক্পম জিলেনদ্রা সিংহ

ঐগী থম্মোয়দ নিংজব আশাগে
নহাকপু ফংনিংবগী তত্রব য়াথল্সে
ঐগী থমোয়দ ভত্তন ঙংলিসে
ঙমখিগদয়নে ফংব হায়বিয়নে নহাক?
কংলোইস্ত করম্ম হায়সিগে ইবুংঙো
কংগনিস্তু করম্ম নীংসিগে প্রভু!
ঐগী মী'ওয়ব পঞ্চভুতকী দেকে
চৎলোয় থম চৎনিংলব লম্বেল্
লাম্লে থঙন তোনিংলব য়াথল্
মমহৈলব থবক্তন লমজিংলব ইশাসে?
ঐগী অহঙ্কারন ঐবু মাঙ্হল্লে

ঐগী 'ঐত'ন ইশাবু উহল্রে —
ইশাগী পদ'ারিন নহাকপু খন্দোকথিগুম
নহাকসে ঐঙোন্দগী লাপ্ন লৈখ্রদ্র?
ইশান ইশাবু মাঙহল্লব ঐনি।
মাঙলব ঐতন ননাক্ত চংজবদ
ইশাগী পাপ লংজবত ওইগদ্র?
নত্রগ,
ইশাগী পাপসে নহাক্ক কোকহন্দুন
শেংলব নহাকী ঈরিগী ঈপাক্ক
পুম্নিচুপ্প ঈরাক্লজংন লুপচব ফংগদ্র?
ৱাথলগী লংজিন্ন ৱাথলদ মাঙখ্রব
চেল্লিব ঈরৈন হঞ্জিন্ন লৈখ্রব
ঐগী ইশকসে কনান নঙোন্দ
ভাক্কুন উংকনি তরং তরং!
ওল্লব অয়ুক্ত থমোয় নিকহন্ন

লাইশঙ থুদিং মন্দীর থুম্রিংদগী
য়ৈরকই নহাক্কী কংশি গোং গোং !
নুমিদাংৱাইগী মতমসু অথাপ্প গির্জাদগী
তাহল্লকই খোঞ্জেলদো অতংপা লৈতন
গোং গোং গোং গোং !
লাইশঙ থুদিং চত্তুন য়েংলুরে
গির্জা থুদিং চংতুন থিরুরে,—
নহাক্কি নহাক্কি হায়গীগুম হায়নি
ঐগী থৌরাংবনু করম্ন কোকহনগনি ?
অহুগ লৈতেনু করম্ন হায়সিগে !
—লাপ্প য়েংলুরে লাপ্প লৈরম্মী
নক্ক য়েংলুরে লেপ্তুন লৈরম্মী ।
অহবু কদাই—
নহাক্কো নশক্কো পেন্ন য়েংজগে
মুম্ন য়েংজুন থম্মোয়দ য়েকচগে

ফেক খন্দুন পিবগু হৌবদ
শক্তমদো খঙ্‌হৌদে শাজনব ঙমহৌদে !
খঙ্‌হৌদম শক্তম শাজনব ঙমদ্রবসু
নহাক্কী শউম ঐহাকপু হন্বীরি
নহাক্কী থৌজাল ঐসু হিংহল্লি ;—
শকখঙদব মিত্রং'ম তুংদ শাম্মরি
'শাম্মরিব মহাক্তি উব ফংদে
মিত্রংগী শউমদি পুম্নি'সিদ ফংলি !
অতুন, শাজনফম খঙদ্রব নহাকসে
ঐহাক খঙলে,— থমোয়দ লৈ !
থমোয়দ লৈরিব নহাক'সিবু
ঐগী থমোয়ন শকখঙব ঙমদন
পুম্নি চুপ্প লৈরগদ্র ?

# অয়েকপ লাইশিংদা য়েংউ থম্বাল

পাচা মীতৈ

য়েংউ থম্বাল অময় থম্মোইগুু হাংদোক্কুনা
মেংলবা শক্তমসে মহৌশা লাইরেম্বীনি।
মতমসে য়েংউ
চীক্করা, মেংদরা, থম্মোইবু মুংওনদবরা ?
নোংগু ভানত্রি অতুগা অহিংগু চেনখ্রি
লম্বী থংলি
থামলি
নোংচুপ চীংথোংদ তারমদাই থাজনা।
থম্বাল
নোংগু ভানত্রি অতুগা অহিংগু চেনখ্রি ।।
'সিন পাৎনিদো

ফজদবরা
ছৌরিবা লৈরাংশিংসিন পাৎরারদা
থরোনি থম্বালনি থারিকথানিদো।
মতমসিদা
থম্বাল, য়েংউনে থৎনরিবসে
থম্বালন তুমিৎপু থরোন থাজবু
কৌজরি, অহুগা ভাইজরিনে মাগী মাগী ॥
ঐবু অহুক হাক্ক কোনথল্লগনু
কনাবু কিরিবনো
অথেংব অহিং'সিদা ?
শে থাদোক্লো, শে থম্বাল থাদোক্লো
"অলবম"দ য়েংথরোসে
লমায় হাংদোক্লে ॥
তুউ,
য়েংউ থম্বাল

সিনিদো
তাইবং মপুগী মচা 'জিশু'গী
কাওরকফম,
মুম্ম য়েংউ অলবম'সে থম্বাল মুম্ম য়েংউ,
অদুগা
নীংশিংঙ্
ঐন লৌখিবা প্রাঙ্গণকী বারীদো
তেংবান মালেম 'নীদা মান য়েনখিবদো
"অমগ অমগ হুংশীনৌ
অয়ানব তৌগন্নু অচুম্ব চংলু
য়েক্লবু লানবীয়ু
থম্মোইদা থমগন্নু অশাওব অমত্তং মিহোবা"
অদুবু নং কাওরবরা?
থম্বাল
নং কাওরবরা ঐন লৌখিবদুবো ? ॥

শোক্লব য়াত্রবৗ য়েংথীবৗরবৗ
ওক্কবৗ লমচং নাইদবৗ অমবু
হাংলগদোবদ লৈবাক মৗয়ায়
ছুংছুম চেক্কুম থারকলবদ মপৈ মপৈ
চংজকম লৈতবৗ ওক্কবৗ
সুপীতুন কয়াদ য়াখিব !

**অচুগুবৗ**

শোক্লবৗত্রবৗ মাবু চেজেং কোন্দনা
থয়ায় কনবৗখিবদো
থবাল, মহাকপু কাওরবরা ? ।।

**ঐগু**

**ঐনাগু**

পামজথিনে মতম অমদ
মাগুব অম ওইজবা,
থম্মোই অমথক চেঞ্জতুনা মাগুম

তাইবংদা
য়েল্লমগে থঞ্জখি
'সিমথক্তুং—
"মুংশীয়ু তাইবংন তাইবংবু"
পাল্লবা থম্মোই'সিনা
থনখিনে
মুংশীগে হায়ন পাকলব তাইবংবু ।।
থম্বাল, নংন্সি নকি কোমথরে
কোমথোরক্লে ফনেকী ফিবান
ফিথক চিংথংলো চেৎন লাকশল্লোনে নথবাক ।
অতুগা য়েথরক্লো
অলবমদা হাংদোকলব লমায়'সিদা ।।
'সিন মোইরাংগী কেগেনী
থুমন লমজা নীগী শাইদাংফম
মোইরাং থাংজীং কুমৈলম ।

'সিগু লীথরে ঐন নকমদা
নং কাওরবরা
স্নুংশী
থম্বজুদু কাওরবরা ? ।।
থম্ব থোইবী গুম
অশেংব স্নুংশীবদো
ফংগত্রা থন
লৈরমগত্রা নীং
তাইবং'সিদ ঐন
লেপতন থিরুইনে ঙসিকাও ।
অতুবু :
থম্বাল তাইবংসে হোংলমলে
স্নুংশীব
চামবা
থম্মোইগী লমন স্নুংশী রাশক

কদায়দা চৎনখরে, ওয়মক ফংদয়ে
খবাল
মখোয় কেকু লোৎখরে ॥
কিজেৎকী
লৈতেংগী
বাড়াংগী অমসুং শাড়াংগী
মতেং লৌহনা হুংশিবা
খোইহি চেন্দবী
লৈহাও লৈরেন অরেম্বী।
'সি অমুক য়েংলো
কিদয়া
তু চুংদয়া ?
অয়েকপা লাই'য়ামসে য়েংঊ
শাংলবা য়াইরিনা
লেংলিবসে না'দা

হুপী অঙাং, নহা অমশুং অহল
পুম্নমক ঊরক্তা থাংলিবসে ওন্দুনা।
নং কাওরবরা
থবাল
অরা লালবু নীংশিংদ্রবরা ?
লমগীদমক অত্রগা লনগীদমক
অচাওরমগীদমক পেম্নবগীদমক
থান য়েংলগ থেক্লা নোক্লিবসে
পেনবা নাইদ্রবা
অয়োনবদা লানদাবা
নিংথৌনিনে অবাগী ।।
থবাল' মুম্না য়েংউ,
শাওরুম্ন
তৌদবা য়াদ্রবা লমচৎনি তাইবংগী।
'সিডবু কিজন্না

লমচৎ অসিদ পামজদবন
নং লৌত্রিঙৈ
ঐনা
লৈরুই
লোঙুনা ঊমং হুংদ চেন্দুনা
মতম'হূদা
লাওথি ঐনা
"ঐদি অসুম তৌজরোই।
লমচৎ অসি চৎচরোই
অচৌ পীশক অঙম ঙমদা
থায়জদে ঐদি থায়জরোই"
অশুম—
হায়ন হায়ন
লাওন লাওন
ঙমখিদ্রেনে ঐহাকশু

অঙুবনা, ঙমদববু, হাংপ তুম্না;
নত্তরগা থম্বাল
লোংনম্বা
চৌরোলন, নমথাক্ক লাংন
কুপ্তুনা ঙাওহনবা
লৈথা তাহনবা।
পুম্নমক
থম্বাল,
ঐশু তৌথরে রাশক কায়থরে।
ঐ রাশক কায়থরে।
ঐ রাশক কায়থরে।

## জুংশিবা

রাই. তেজেন্দ্রা সিংহ

থেঙনবা অহীংসিদা
নৈরমনবদিকো নহাক্না
ঐগী ইনাক্তা,
রাথনগী মহুত্তা মীশক ওইনা,
খঙনমগনি নহাক্না
ঐহাক্না
শারিবা
খুগাইরিবা দলাল মরামসে
মিৎকুপ খুদিংগী মঙ্গুংদা।
অমুকন্থু নহাকপু
জুংশিবনা থুম্জংখিহনা

ইনাক্তা লৈয়বোই নীংথৌনা
মাকুই শুক্রুংদা
অহুং ওইহল্লি—অহুতনা
অয়েংবগী মমিৎতা
তাইওরবগী মও' ওইনা।
জ্ঞান তাত্রবা সংসারদে
বাখল থোকত্রবা তাইবংসে
নীংশিংলক্লে থোক্কদবোই
নহাক য়াওরগা।
বাখলগী মহুত্তা মীশক
থোইনবু হেন্না পান্মুরে ঐহাক্না
শান্তি লাক্কদয়া থল্লুবদগী।
অহুবু!
দেবদাদা!
পাক্লগী দেবদাদা

ওইরমগদ্রনে ঐহাকপু
পাক্ক য়াওদনা পুক্নি মতোল লোমগ্রবা
থোইনবু পামজক্রে ঐহাক্না
কাময়কম থগুদ্রবা নুংশিবা।
নুঙাইনা লৈয়ুকো পাক্ক!
দেবদাদাবু মরক মরক্তা কাওথোক্লুনা
সনাথোংনাং পাম্বীগী মপু
জমিন্দারনা।

## চাক্লিবা অমদা

শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

কৱিগী শাক্লি মকম অসিদা
চংঙক্লি কৱিগী থোঙজিন অসিদা।
চেক্‌শিন্না শাবা চেক্তা ফুন্নানি
খুঙনা হৈরবা থম্মোয় ভাক্কনি।
তিংথোক্লগনু নখুং-নশা
শিন্হনগনু মিংলুগী শাইন।
মৌ নত্তে। মৌ নৈতে।
মৌগী শক্তমদা কাওবু অমনি
তোংলিবা বুট'সি উবরা?—
বুট নত্তে, বুলেটনি।
তোইগনি শক্ক থয়াং

ঈথোং চেনগনি মীৎলুদা।
হুণ্ডাই-মাইফবগী পুকৈনি
তুংকমনি ভংতানা কুবেরগী।
কংলোই শমনা অম-কাও'
হুই-হৌদোঙ্গ ঙাইহনা নৈরি।
অতুগী শরুকপুদি চৎলু আদা
ভট্ট'বিন'গী মনাক্তা।
মাগনি শরুক য়েম্নবা।
হোরেন 'পার্টি' লোইরগা।

# ঐগী ঊশৈ

শ্রীবীরেন্

নোংম হায়খি নংন
পুন্সি হায়বগু তৌরিসিনি।
অদুগ তিনখি
মেণ্ডলব রাসপুর্ণিমাগী থাবলগী সমুদ্রদ
হৈনৌ মপাল্ চাইথরব
বোকুলশৈরাং চোইজাইনন তারব
নবদ্বীপ্‌কী গঙ্গা মপান্দ।
নোংমসু ঐনা হোক্লই নংবু
শ্রীগোবিন্দগী খ্বালআটি
খুরুমলুসি হায়ন।
মিৎমাংদ

চৎমিন্নৈ নংগ ঐগ

সাইকল্ অমমম্ তোঙ্জুন ম্রেৎক ওইগ

লৈ পোলাং পুন্নন।

নংন উরৈরোম্ব শঙ্কব পুড়োকনেক্

অড়োব ইরুকি, চন্দোন্ চেংহিমনম্

ঐন পুমন্নাৎ. কৈজোম্। ফিশেঙ ডাক্ত শেত্তুন।

নংন চরনামৃত থবাপমনান কনলগ

ঐগী মাদ থাদব, ঐনমু নংগীদ থাদবা

হুমিদাংবাইরমগী লিরিব অঙ্গৈংব মুংশিংত

আটৈগী চাংলেম্রব কংশি খোঙ্গেন্দ

ঐমু থুরুব, নংমু থুরুব।

শ্রীগোবিন্দ শ্রীমতী রাধেশ্বরী

নৌকাখেল্ গঙ্গাগী ঈয়াইদ খেংলব থাবলগী চোইথাইনরব

শন্নাংলক্ত

নংগী খম্মোরমু ঈংব, ঐগী খম্মোরমু ঈংব।

চৎমিত্নরম্বদগী লৈশিনথি নংদি কাইনাগী চীজোন্দ
ঐন থম্মোয় শোক্ল হৌন হৌন কৌথি
নংগী মিংলেন ফান্দুন।
লৈচিনলক্লী থাজন হায়রকথি—কায়নরসি ভুসিগীদি
কোয় অমুক্ উনসি কৌক্র চীংদোন্দ
পুন্সি হায়ববু তৌরিসিনি।
ঐগী থবায়ন মনিংতম্ব মাশাপান্দুন
পাইজ্রন শায়রিভৈদ মফম্ খণ্ডদব অতিয়াদগী
মশেনময়াং লাওয়কই—নং ঐবু খঙলব্র?
নং ঐবু খঙলব্র?
পুন্সি হায়ববু তৌরিসিনি।

নোংময়

মী চিনলব লাংলব সহর ময়ায়দ

হাথু হাথু শাব লৌশিংগী ঝাঙীমরক্ত
অশঙব অঙাংব মচুগী থাওমৈদ
হায়রকথী নংন— নীংশিংলিত্র নং ঐবু?
পুন্সি হায়বদু তৌরিসিনি।

অতুগ উরকথি—থেংলব অহিংগী থাবলগী লাইজন খিক্লব
মোল্লব তিংথৌ মথক্ত নখোয়গী কোম্বোং মনাক্তী লমপাকমচাদ
ঐগ নংগ ফমিন্নথি
মরক মরক্ত যুক্তি তৌনব।
ঐন চংলমদাইদ
নংন ঐঙোন্দ মুম্ন য়েংব হুংশিন
ঐন কোম্বোং কাম্বোক্লফাও
ঐবু পাক থাদোকপ ঙমদহন লেপ্তুন লৈহৌব
তান্নব থাবলদ
অতুবু নংদি মীয়ামগী সমুদ্রদ লুপথি।

মোংমম্নু

মিল করখানাগী ইন্জিনগী হোৱব মথোৱ

ভয় ভাংনৰ ভাত্ৰব মরক্ত

ছমাং তারব ঐগী নাপন্দ চংশিন্দুন

লোৱ হায়রকখি

বারুনি কারুসি শিব মহাদেব খুরুম্লুসি।

অহুবু নংদি সহরগী মীনৌন্দ তিনখি।

ঐন নীংশিংহৌই কুরাংবান্দ

নংগী খাৎ—পুন্সি হায়ববু তৌরিসিনি।

নোংমমু

আকিসত

কোকভাওরব হিসাব মরক্ত

নংন চায়রকখি

পুন্সি হায়বরু তৌরিসিনি।

অদুগ পীরমই ঐঙোন্দ লৈহাওলৈরেন্ পুম্বী
নংগী শম্লাংলক্কী লোথোক্লুন।
নংগী শম্লাংগ থানব কুইত্রিবগী
ভাইং ভাইংলি। চেংহি মনম্ নমলি মম্লান্ কম্লাগী
ঙৈংন মুংশিরব।
নীংশিংলকই—নোংম সন্ধ্যাদ
কুচু ওন্লব মঙালদ
পুখ্রি মপান্দ ঐন চিন্বিখি
লৈহাওসে নঙোন্দ।
অদুবু তিনখি নংদি
অঙৈংব মুংশিংত।

নোংমসু
চীক্লব তাম্লব চৌংগী কাচিন্ অমদ
শুক্লব চৌংথুংদ শক্হেন্বী অমগ খঙনখি
চায়খি। হক্ক লৈক্কই ঐগ মাগ মরী।

অমুক্ উনখিদ্রে। উনগনি হায়বস্থু থাজদ্রে অমুকহন্ন।
লরারগী লম্বাদ নোংমস্থু থেংনখি খঙনব নং
খঙনদব মা।

নুংশিদ হে পুন্সি! কয়া তিনখ্রবনি নঙোন্দ
উকক্ বাকক্ নুং তিনকাং কয়া কয়া
মকোক্ মমৈ শয়দব কল্ পিরয়গ মাঙখি।

নোংম

নংন হায়খি

পুন্সি হায়বর্ তোয়িসিনি

কিবন নীক্‌ই, মুংঙাইবন শিদোই, মুংশিবন ঙাওই ইশাসি।

ন'ন রাশক্‌খি

পুবিগনি হায়ন

লৈবাক্ কয়াদ, চীঙ্গোন্ কয়াদ

কাচিন্ কোনাশিংদ

ইশা পানশিনবিহুন ঐবু।
মশেন্ মরাং উব নংগী শক্তম
করেম্বরমই ঐবু তক্তন
করি তৌরমগে নীংলিবগে নংবু।
ঐন মত্রদ খুমখি—
করিবু ঙমগদগে তেনপ্রবসিদ।

জগনাথ ক্ষেত্রগী
ক্রক্ ক্রক্ ঈশ্বরব যাত্রিক্ মরক্তগী নংন
লাওরকথি—থম্ব নাইদবনি মতমদি
ঙরাং ঙসি হয়েংন
নংবু পুনব ঙম্ব।
অহুবু সিনেমা লোইবগ নংবুস্থ অহুম উখিদ্রে।

মতমতু ম্যোরক্লগ অমুক্
নংগী য়াইপুবী জৈশেদু

মোইরাং লাই হরাওবদ নোংম শকথিবন্থ
শকুন কোথোক্লগত্র হায়ন কিজৈনে চায়বী ।
মংগী উন্ধংলবী চেংলোহূতং উবদত
ইমা ইচা বারিসবন্ধি পূব পুমকাও কাওথোকই ।
নংতগী নতুং কোইন্ ইঙ্গিংহল্লি ।
অচুবু ঐদি লোইকৌত্রে থোয়াং
মং লাকনি থওদবন ।
তক্করনি শোয়দন
লোইয়ো লোইয়ো থেংদ্রে
হায়ঁন ।
কিজৈনে ঐদি নংবু
কিজৈনে ঐদি ।

## মুত অনি

টিএইচ ইবোহল

হে মুনি
স্বার্থ ত্যাগতা ভাওরবা মুনি
করিগী শিন্থরি হৌজিকপু মীৎকী পি
অহুক শোক্লা থম্মোই অদো ?
ঙসি নংগী অরোইবা মতম'সিদা
নীংশিংলবগে নংনা কনা'মুক
থুংশিখিবা নত্রগা য়েংথিখিবা ?
নংনা নীংশিংলি ঙসি
পুন্সি অমদা লেনখিবা থুংঙাইবগী মীৎকুপ
বসন্তনা থম্মোইদা লাকখিবা
থম্মোই চীরোল চংখিবা

অদুবু।

ওসিদি নংগী সধনাগী লম্বী'সিদা

লানবল চাওনা শাগৎলি

মীৎকুপ অদুনা মীৎকুপ অমগী

অদুগা থিংজিল্লি নংনা ওসি

নতোমতগী থম্মোই নতোমতনা,

পোরোল চেৎনা লোম্দুনা

শাগৎলি, নংনা স্বর্গদা কাগনি,

শিজিল্লি লৈগী পন্নেং অমসু

মর্ত্তলোক্তা কমথুনা, স্বর্গলোকপী লোথুনা

অদুবু,

হে মুনি

স্বার্থত্যাগতা ভাওরবা মুনি

ওসিদি ওইরে নংগী অরোইবা পুন্সিগী সধনা

হাওদোক্লো।

নংনা চেৎনা লোনশিল্লিবা
থোঙগী পোয়োলসে হৌজিক্তি।
য়েংউ,—
লাক্লেসে নংবু লোৎবা ঙসিদি
স্বর্গগী দূত
নোয়োকী দূত
পুন্নমক লেপ্লরে, নংগী থংলোইগী থোঙজিলসিদা
নংদু পুনবগী থারয়ে দোলাই
অনি পুন্না নংগী থোজালদা।
তাও—;
ঙসি নংগী অয়োইবা পুন্সিগী পুংজা অসিসু
য়ৈরক্লে'সে লেপ্তনা
অয়াপ্পা মক্কমদগী অনকপদগী
নংগী হকচাং অদো
মচেৎ অমদগী মচেৎ অনি

য়েরগনি লাক্লে পুন্না চৎত অনি
স্বর্গ অমস্তুং নোয়োকী।
হে মুনি—
স্বার্থ ত্যাগতা ভাওরবা মুনি
হাঙ্দোক্লো মতম ওইরে হৌজিক্কি
নংনা শেমজত্রবস্থু
লৈগী লোনাই পুরকনে
নংবু লৌবা লাকপনি
পুন্না চৎত অনি
স্বর্গ অমস্তুং নোয়োকী
লৈগী লোনাই অমত্তদা।

# রাজবিদ্রোহীগী অরাবা

শ্রীএন্ ইবোহল সিংহ

খোকওল্লোই, কিয়বা শক্তমশিংদো উত্তুনম্ম
হঙ্গোইনা ওত্তুনম্ম
ঐগী থম্মোয়সুংগী কিশি খোকওল্লোই
তাংজ লিলহা মত্তোঙ্গম
ইরৈ অনি থবল্লোই।
মচেৎ মচেৎ মচোই-মচোই
তারিবা খোঙ্নুসে ঐগীনি
নিংথায়রবা তোর্বান্দা।
মহাক্না নোকপদা নোকখিবনা
ব্রারে মহাকী অবাবদা—।
চিংনবগী মমিনা

তাঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়না
কৎচরুয়ে
ঐবু লোইবা লৈমাবদা
লৈজবা ঐগী
থাজব— থৌনা পাজন
ওলহনবিগ্রে অছুবু
ত্তমথিরবা বিধিনা
অরেম্বা
থাজবা—থৌনা—পাজন ।

খাদোক্লে মহাকীদমক

ইরন-ইথুম-ইয়ুম-ইকৈ-ইজ্জৎ !
চারবা মাইথোং হুংশিবা বাঙাং
পুন্নমকসিদগী হেল্লবা
তোপ-তোপ্পা খাশা সিমত্তংলিন্থ
পোকচবা লৈবাক্তা

অরোইবা য়াহিপ তাপ্পনিংবা ঐনা
কেম্নবা ঐগী পোলাংনি
মীরৈবাকসিদা
নৌহৌনা উনরগা তিন্নরিবা শক্লোনশিংসিগী মরক্ত
মপুং ফানা ফজরবা ঐগী মীওইদা
য়াওথাংনরবা শমলাংনা তাক্রমদনা কুপখ্রে
খুইথরবা উনশানা অতিংবগী মহুৎ শিনখ্রে।
হংলি, লেপ্পা লৈতনা
লেপ্পা লৈতনা হুম্লিবা মালংবদা
পুরকপ্রা ?
মৈত্রবাক্কী হৈনম লৈনম !
'তিম্না খেৎনা য়াংলিবা চৌংদোল
উঙমদ্রা নংহাকস্থ ?
ঐনা থারম্বা শিঙেল-চার !
য়ানা ভেংথা—নাওইয়বা

ঐগী নীরুবা খোঙ্গেন তারক্লনা
চানবিরগে খল্লবা লৈশেম্বনা
ঐগী হায়জ'-বাহৈদা তাবিরে
ইথক্তা হৈথবিরে—
মহাক্কী অরোইবা'—খুদোল
পাঙমখিত্রবা ঐগী তাইবং'-ইথৌদাং,
থম্বীতুনা লেংদনা ননাক্তা
পাংথোকহনবিগত্রা স্বর্গদা ?
নত্রগা
লংথবিগত্রা
তুজুংলবা তিংখংগী নোরোক্কী নায়ক ?

# নীংশিংলক্তে

বেদজীৎ

নোংবু ঙান্দরি
শজিক তরং তরং থোক্লি
চীংখৈ মশক উদরি
লাক্তনা নহাক্তি
শক্লরে নহাক্তী ইশৈ
সুর চামা থোক্লা।
কায়হনথি ঐগী নিঙাইত্রবা তুম-খুন্
শাওহনা নংবু
ভাম্বোকথি ঐনা
ভাজনিংত্রে বাঁশিদো নংগী।
হুমিৎ য়ুংবা কাল

লুংশামপী কুইনা হোন
লৌরাং শুরুবা কারকপা,
লৌতাং-শঙ তম্নকপদি
লাইরা-তরা লোইরমদে।
রাংগেন ফকপু শাক্লনা
লাইরা চরা ভাইরিবৈ
লাক্লুনা নহাক্তি
লেপ্লরে সুমাংদা
লাইজ খুরা'মতা পীবিউ
য়েংলখি নহাক্না
অতৎপা লৈতনা ঐভোন্দা।
লুমিদাংবাইরম
সন্ধ্যা গৌরিকাল
নখুত্তা থাওমৈ পারক্লনা
অমুকস্থু লাক্লমই

লাইরা লৌভাং থাংপোক্তা—
করিবু নিবা লাকলিবা ?
ঊনররোই থম্দুনা
লোত্তুনা থাংখি
থোংজাও পৌরোল থাজ্নুনা।
ইস্কং মমৈ ওইরকপদা
লাইর থাংপোক্তি মমথরে
লোংথাক লোংনা হিপ্
ইস্কং চেক্লা মকুগী থোংজেল ভাবদা
তুচুংথরে—নীংশিংলক্রে নহাকপু
অমুক্তা ভাখি নংগী ইশৈ
হুমিৎযুংবদা লাক্লম্মী লাইরশংদা
হুমিৎভাবদা চঙলক্লমই
ঊনখিদে নংবু ঊনহৌদে
থেংলবা অহিং মমৈসিদা
কৌজরি নংবু হন্না-হন্না।

## ঐগী তুং ইল্লকউ

শোনী

ঐগী তুং ইল্লকুউ,—
ঐদি পেরিসকি অহিংদা ওইরিবা কুম্মৈতয়
পাইরিবা চেক্লানি।
আইফেলগি অতিয়া চুপ্‌লিবা তাওয়ার মতোন্দা
ফম্লগনু য়েংলুনি,—
রাইনগি লৈঙোইথক্তা হিপ্লিবি, ফিজেৎনা বারকওমত্রবা
মুজা কয়াগি পাম্মুরবা বিকিনি হকচাং,
অদুগা অশাব মহীদা ঙাথুখেংথুনা, চীবান চিনবান
সোক্লরগা, লোইবা লৈত্রবা হুংশি বারিনা অবাবা থওত্রবা
দার্লিংশিংগি মূর্ত্তী।
হুমিদাংগি অমঘদা দিওয়ালীগুম ঙাল্লিবী

হে য়ুরোপকি সুংশিবী !
হয়াও সুংঙাইবগি মনিমুক্তান হংলব ঐগি য়ুগি পাত্রদা
অতৈসু হৈ'বিরকউ মচু শংলবা কামগি সমুদ্র।
লাইলাক লাবর্নাসন ফুগাইন শাংলবা লৈকোন্দা
ব্লুবেলগি জগোই উবা কংগনি·· বি, সি, বি, সি
কয়াগি মাংদা ইঙা কৌবি প্রকৃতিগি অহানবা নীঙোল,
মহাক্কী অহানবা শক্তম লৌয়গা ব্লুবেল।
অমুগা লোইননা মখল অমগি লেসবিয়ান মায়া।
ঐগী তুং ইল্লকউ,—
য়েংলুসু নোতিয়দম জেরুসালম
হয়াওসুঙাইবু মাংহনবগি সায়মোন পিয়ক্কনি,
পুক্নিগী শোল্লবা য়াখলনা থল্লবা তীর্থনি।
কৈদসুংদসু তাহিতিগী লৈপরেংনা নিমন্ত্রন
তৌরয়োইদবনি।
ঐগি তুং ইল্লকউ,—য়েংলুসি,

চুমগুম খোংলহনা কৌবা থংগ্রবা পাখং কয়ানা
অমুবা জেকেট, অমুবা গোগলস উপ্পা,
ওলাং থাগী হয়িংগুম পরেং পরেং
মটর সাইকেল খৌরিবসে।
ঐগী তুং ইল্লকউ,——য়েংনুসি
স্পেন্‌গি মকম কয়াদ 'মেতাদরনা'
পংলবা শা অহুবু অঙাংবা কি উংলনা
ঙাওহনবগি লীলা।
কায়বদি অয়েংবা ঐখোইতনি—পুয়মক
খপংবনি, শাগুম মেতাদয়গুম,—ফাদায়গুম।

# ভাইবঙ পাউ

শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ

ঙরাং কপলুই, ঙসি নোক'ল,
থঙদে কয়া কুইনা নোকনি।
অয়ুকস্থু মমই, সন্ধ্যাস্থু মমই।
মাঙৈ মীস্থু অঙাংগ অহনগ।
চাত্রবস্থু লাঙৈনানি চামনবস্থু লাঙৈনানি
অবা মুংঙাইন তংতন উংলি।
হে ইবুংঙো পুম্নমক শেম্বিবা।
অবা মুংঙাইগী মহাও চঙদবা !!
পামজদে বাবহু মুংঙাইমনবনা,
অবাবা থাঙজগে নঙগীদমক্তা
থাঙ'ঙবা পাঙস্তদি পিবিয়ু
পেনবীব পাউতগা তম্বিয়ু!!

## নোংমা শহরদা

শ্রীহিরোম শরৎচন্দ্র সিংহ

অহুদি চংলসি অমুক হন্না
থিক্লশি, য়েংলুশি, লাংতক্লক্লসি
হায়গুম অমুকহন্না ;
মাইকৈ মাঙথ্রবন্থু থিক্লসি
থিক্লসি উরেদনা শহরগী মৈয়ামসে।
বাক্লন্থু চংতমা চংশি—
চেনখিসন্থু মতমন্থু নাকোয়দা
য়েংল-য়েংলদুনা নং-ঐবু
মতোমতা নোক-নোক্কনা ;
বাক্লন্থ, বাক্লন্থু, বাক্লন্থু।
মচু মচুগী থাওমৈ মথাদা

কমশি নং-ঐ নোংময়'সিগী—
চেনখিসনু মতমসু নাকোয়দা
য়েংলে য়েংলহনা নং ঐবু
মতোমতা নোক নোক্কুনা।
য়েংঙউ মৈথুসে 'এস-ত্রে'দগী
নং ঐগী লাংতক্নবগী মৈথুসে
নং ঐগী ওসি ফুঙাইকমসিদা।
নোংমা নোংমগী অসুম্মা লেনশি
ওয়সি পুক্সিসে চা গিলাস মশিংদা
হয়া! হয়া তারবা ইশৈসিদা
হয়া হয়া উরবা মমারশিংসিদা
লবীদা হংদোক হঞ্জিন চৎপদা।
মরক মরক্কু তুংলোমদগী
নোকলকই ফুপীগী খোরেম্মা
মরক মরক্তা পনরি মখোয়গী মরক্তা

"সাহিত্য" "সংস্কৃতি" "চিত্রকার "
রাজনিতীগী বাকৈ অমা'নি
হাথু হাথু শাবা বারীশিংহগী মরক্তা।
থিরুশি মিংকুপ অমত্তগী পোথাকম
পোথাকম কৈত্রবা হোটেলশিংসিদা
থিরুশি, থিরুশি, থিরুশি।
য়েংউ যীশু—পাংতিংলবা যীশু
কোয়না কারকপা চুরুটকী মৈখু মরক্তা
শিরি থাক কারিবা মুপীগী অঙোবা খুবোম মরক্তা।
মরক মরক্তা তুংলোমদগী—
নোক্লকই মুপীগী খোঙ্গেল্লা
মরক মরক্তা ফকলাংগী মিংশেল্দা
উরি অঙোবা মমায়শিং
নং ঐগী ওসিগী মুঙাইকম।

# ওইনাম মোহন

সমরেন্দ্র

পুং তরা তারকপদা
লৌক্লংশংগী থোঙান্দা
থঙদবা লৈতে ওইনাম মোহন।
—ওইনাম মোহনগী নমস্তে
য়েংদবা ঙমদে উরুবনা
হেন্দে মপান কাংজৈবুংদগী
গৃহমন্ত্রীগী নমস্তেমক্তা।
থাঙবা ঙমদে আফিসতা
ওইনাম মোহনগী নমস্তে।
মীগী চুরূপ থকলবা
কেরাণীদ হায়রিবী,

'নখুত্তগী চৎথ্রিবনি চে পুন্নমক'
পঙথহল্লি কেরাণী
নমহুনা চুরূপ থক্তোকই ।
কি থোংউপ তোংহুনা
নোঙ্মুরা চৎলিবা
গোবর্ণমেণ্ট এলঃ পীঃ গী ওবাদা
জাতিগী যুবীনি হায়জিল্লি
মচা লাইরিক তম্বীহল্লি
ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর ।
ওফিসকী লম্বীদা হায়
এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরীনা
'শামবগী মঙুংদা কজবসিবু
কোককাইটিংবু হেনবা করিনো ?'
মোহন্না হায়
'পাজনস্থ কন্দব য়াদে

মশাগী হৈ-শিংবসু চংদবা য়াদে
খোংনামত্তা চোংবসিসু
থাঙবা কন্দবনা য়াবা নত্তে।'
পাঙন থামেনগী ভাজানা মহেক্লে
ঈশিং লাক্পনা পামজবা।
মোহমা হায়
'ইউরোপ্তগী লাকপা সাহেবনা
ভাজা চাবা হৈখিবদগী
ইণ্ডিয়াদগী চৎত্তবনি'।
থাকনা থাকনা নোকই ঈশিং লাকপা
পাপীগী মচাগী সাহেব হায়।
থুংখিল সিনেমা য়েংই সমুন্দরকী সুন্দরী
ফোং ফোং শারবা বোরা চাই
লুর-লুরবা হায়দোরকই গোবর্ণমেণ্টকী অমম্থং বেদাস্তুগী
চেলেঞ্জ তৌই হোটেলদা

মিষ্টর নেহরুগী কোরেন পোলিসি।
বাসিখোং ব্লক রিলিফ কেম্পতা
নোমুকনা হায় মোহম্না
মতেং পাংবিয়ু অঙবা দান ভোবিয়ু
নম্না পৈশা অমতা ওইরবসু
পুকচেন শেংনা পীনবিয়ু
মীওইবগী মতেং নত্তনা
মীওইবনা করম্না হিংগনি—
কৈথেন মুপীগী শেঙ্গাওদগী
অনা কেল্লি থুদক্কা।

টিঃ সিঃ মেম্বরগী মচানুপী সরজুলতা
( হায়দি মাইপাকপী কোরমই )
লৈমা জগোই শাই অশংবা লাইট কাপ্তুনা
ভেংবাংশোগী প্রোগ্রামদা।

খুবাক খুই মোহন্না
লুপাগী মেডল দিক্লেয়ার তৌই
মথৎ অনি লোয়না।
থেংনবা অহিংদা হল্লকই
খুরবা লৈরক ফাওদুনা
লৈখোম ঈশিং চিনফা পুই।
মৈফু লৈত্রা য়াইমবী।
পুকচেল তপ্লবী য়াইমবী
অহিং তুম্বা শংলদে।
য়াহৌরগা ফৈজোম শেংতুনা
মপা অনৌনা ইন্দুনা
ময়ুমদগী থোয়রকই,
মথুং বাঙ্গৎতুনা বাপকই নমজাওদা
শেত্তুনা লোপনি গ্রান্ট ইন এইদ
ফাইনেন্সিয়েল ইয়ার লোইত্রিবৈন্ডা।

অয়ুক ঙুপা অনি লাকই স্কুল কোনভর্সনগী
জিশ্বগী বারী তাবদা
য়ুমগী য়াংলেন য়েংখৎচৈ
পুকচেন তপ্লবী য়াইমবী।
মোয়োক্ পোলাং পুখোক্তুনা
তুলসীবোংদা কৌদোকচৈ।

শেঙ্গোক চাখোয়কপা অমত্তা
পঙ্কবা লৈতে মোংহন্দা
খুক্রখানগী কুয়িৎ পুময়াৎ
মোহমবু হৌদোকপয়া হায়নিংই
মানা শেংপা কৈজোমমু
ময়ামদগী খেয়দে
মহাক্তৌদা য়েৎনিংই অত্থবু।
সময়জুগী লুহোংবদা
মোহন য়েংবা ঙাকনি

মোহনগী সনগ্রাস য়েংবদা
অঙাং অমা মন্না কাই।
হুমাংনা চোংলবা লাইবকী চন্দন
ভক্তিগী তন্নব পাওতাক্কি।

নুংহোংবদগী হল্লকপদা
মুমগী থোজানমক্তদা
খুদাং পাঙৈ পাখং অমনা
'অশেংবা হাঙৈযু ভাদ মোহন
নুপা চহুম হনগেরা ?'
মথুং মেত্তুনা পাখং অমনা
লেপ্তুনা লৈ থাগ্নগা
পুকচেন তন্নবী মাইমবী
ঙৈংবা কৌবদা ফংজদে।

# অমতনি

শ্রীকাংজম্ পদ্মকুমার সিংহ

শ্রীপঞ্চমী য়োরক্পদা
অনৌব এরৌঙ্ উরকলে।
লুংথিলগী মমৈদা
উচেক্·রায়া মপৈ মপৈ পাইরকলে।
অশংবা উনারক্কা
লৈ-মু চবুন্ চবুন্ শাংলকলে।
খোইমু খোঙ্গেল তারকলে।
শাবী শানৌ ঙাওনরকলে।
বসন্তগী মতমসিদা
খোংদ্রে উচেক মচা অমদি
অক্লাদা মতু ইপোন্‌পোমা লৈখ্রে।

ঈশৈতা শক্‌না.
লেল্লবা নিংথম্‌ চুপ্পা
মতমসি য়োরক্‌পদা
লৈথ্রে তুমিন্না লেপ্তুনা
মতৌসি উবদা
অয়োক্‌পা মপুনা
অথঙ্‌ অহৈ বাতানৈ
লৌশিং পোয়ম থিয়রক্‌ই।
চেক্লাগী মমাঙ্‌দা
শক্‌য়েং অমা থান্‌খিরে ;
মখিদা য়েংলগা
অহুম্‌ হায়রক্‌ই চেক্লানা
''নংবু মহুনা পেন্‌গত্রা ?''

## তিমহনবীয়ু নংগী নাচোমলক্তা

শ্রীতোকপম ইবোমচা সিংহ

মুংশিদকো মুংশিদা- থাংজিং লাইরেনবুং
নহাক্তী লেপলিনে তুমিন তুমিন্না
মীচিক মীন্নাওখোল ভাখিত্রবা তাংলোসিদা
নিংশিঙলিবোই মাংলমচংকী খোদোক।

পুন্সি কয়াগী রান্নী খুৎশন্না চংলকপা
তুজুংলবা রাথোক্তী মপৈ ........মপৈ......
তিনথ্রবনিকো নংগী য়ুমকমসিদা মুংশিদা
নিংবা কায়রবশিংগী লোয়নাইত্রবা চোয়রোল।

লোক্তাকী ঈচেন্না পুশিন্নকপা রান্নী
নথুন্নাদা চেনশিনথরে, তিনশিনথরে

ইতিহাস কয়া অৱা-অনানা থল্লবা
তুজুংলবা লমথাংগী য়াথোক, কাওড়য়রোই।

চিরু' অহিংদা খোইরি কৈথেল লাইরেম্বী
অঙাওবী' মওংশুম হিক্ক-হিক্ক তেংথারক
মতমতুদা নংনা সোরা লমদম য়েংলগা
মওং করম থাংখিবা নিংশিংলিনি ঙসিসু।

লোক্তাক লাইক্কা উরোনমুং মুকম কয়া লুপথ্রে
পুন্সি য়ারী লোয়রনা, মাংথ্রে কনাসু থংহৌদনা;
মুমকম কয়া অমনা তাওরি লুপকেৎ-লুপকেৎ
মোংফমগী হাবুং' লোয়রনা; উথক উপোম ময়ক্তা।

অথেংবা অহিংদা নিংথৌভা উরেম্বগী
শাওবনা য়রাই কারবা—"থদু ! ফিরেল !"
লোক্তাক ইরোমনুংদগী "য়াগাহ শ্যামজাইবা !"
খোঙেল নিরু লাও-খেংলক্লিনি মুশিরবা থাবলা

মরাং ভূরাংলবা লোক্তাক্তী ঈমায় থকসিদা।

ওক্তুশিংদা থাসিরা, অপংবীনি হায়সিরা
মুংশি তিম্না চিকপনা পুন্সি খোংচৎ কায়রবী
লোয়্না মদোম কপথিবী, "কোন্নু" লমহেনবী!
অমদি মুড়াই কোন্দা নৈত্তনমু অৱা শংক্লোন পুৱবী
পাম্মু ইখো লাংবনা—থকথিত্রবী পিরাংনি তোম্বুগী!"

পলেম পংস্থৌ য়াওদবনা লাইয়া মৈচংক্ক্রবী
ৱাথল মমি শামখ্রবী কপচেৎকনবী "থয়্"
লোনম চাওবী নশাইগোন্দা মাংখ্রবী "পাম্মোইবী খোঙ্গুল!"
ৱায়ৌ পুকলৌ চাওগনবী, ৱাথোক ৱায়ামগল্লবী
অহিং মুংখিল থাক্তনা লেপত্রবী খোইবীগী পাউদম—

নংগী থুয়াদা তিনখ্রে মৱোল মৱোল
লোইনাইত্রবা পুন্সি ৱায়ী মপৈ ... ... মপৈ ...
প্পয়মকসি তিনপ্পবনিকো নংগী য়ুমফমথকসিদা

ঙসিম্ন নিংশিলরিনি মায়রেনে দৃশ্যসে ।

কোংদোকলকপনা থয়ন্তা থোকখিবনা লিশিঙনি
অচৌ পিশক অমত্তনি কায়ন-মৈশা লাংলবদা
অথৈভেদা নক্তেনা ঙসিম্নু করি বাৎকনি ;
পৃথি খোংচৎ লেপত্রিভৈ মীওইবম্ন লাঙওল্লি
লোক্তাক ঈচেল লেপ্তুরি হৈরাং লৈরাং শাৎলিনা ।

লোক্তাকী ঈচেম্না চেনশিল্লক্লি তাংথক নাইদনা
পুরক্লি মাইগৈ কয়াদগী তুজ্ংলবা বারী লোয়ননা
নংগী লীলাদি লোইখিরোই লাকখিনি হয়েৎম্নু
কৎলখিনি মপোক মপোকী হৈরাং-লৈরাং

তাইবং ঈরেনবুংসিদা ঙসিম্নু ওলাং থাগী অহিংদা
কায়ন মৈশা লাংলবী শাবী-শানৌ কয়ানা
পাঙ্উদম্নরি পেরি পেরি খোঙ্জেল নিক্লা
মাইগৈ কয়াদগী পুরক্লি চৌংমান লান্দুনা

অরা-মুঙাই রারী তিল্লরি নংগী গর্ভদা।

য়েঙু! অথেংবা অহিংসিমক্তা অঙাওবীগুম
চংলক্তুনা নংগী তমপাক্তা কপ্পরে 'মস্থ
কনানসু থংঙমদ্রবা রারী পুথোরক্লে লোয়া
লৈমাই থক্তা ওন্দুনা থাংলে, মশম মনা ফোইরজ্জনা।

সমাজগী মরক্তা অরা-চৈফুনা তারবী পাংদবী
ইকাই খিবনা লোশিং মাংলবী ওল্লবী লোম্হোক্তবী
অহুগা মুংশি হৈজ্রবা থাইন মৈচাক্লদি ঙাওহল্লবীসে
লোশিনবীরোনে নতমপাক্তা হে-থাংজীং লাইরেনবুং।

নংগী মশীং থিঙমদ্রবা শিঙেল নাচোম মরক্তা
হোৎপ্রবা অঙক-অঙকপা রারীশিংগী মরক্তা
থোঙ্গেল নিক্তা পাউদমলরিবা খম্মোইগী বারোনসে
তিনহনবীরোনে পান্মু মুংশিগী রারীসিংসু
তিনহনবীয়ুকো নংগী নাচোমলক্তা!

## থরায়গী লমদমদ

শ্রীবীরেন্

ঐদি থাংজ্ঞ মহু
ঐদি থাজ্ঞে মহু ।
নংন থাজদ্রবমু
ঐদি থাংজ্ঞ
শোয়দন নৈংরি অমদি
পুয়মকসি নত্তবা ।
নোংমসু
ভারমদাই মুমিংন চীংয়া পকপদ
ঙংভক্ ঙংভক্ ভোব
মুংশিংন লিরি শিংপদ
হকচাংসু তেথংন

ঐন অসুম্ ইতোমত চংলিঙৈ লমজাওদ
শক্কম্ অদ্র থংউ উরকখি
মিৎন নস্তে থব্রাম্নন উবনি ।

মসি চুন্নমগনি
শোইদন চুন্নমগনি ।

নোংম
থাবলন ঈংন ইঙাল্ ডাল্লবদ
তাম্র নৈখ্রব অচিক্প স্নুংশি লমদম স্নেংছুন
নংগী ননাক্কগী স্নুংশি ব্রাখলদ লুপ্তুন থোম্রক্পদ
উব্রা তুমিন্ তুমিন্ লেপ্লমই
মহ্ ঐঙোন্দদি ওস্তোক্প ব্রাহং অম ওইখ্রবনি ।
মোললব নাপী মথক্ক কমথবগ

খোংশা খুৎশা মিৎ নাক্লোং
নাপী উনা বানা মুং শা উচেক্
পুম্নমক্ মচেৎ মচেং খুগাইহুন শাবৈ
অতগ কৌহুন হংই
মাগী মাগী মমিংদ ।
খাই খাই লাওই ঙকপন ।

ঐদি খাবৈ ।

উনা হায়বন করিনো
নুং হায়বন করবনো
কন্‌কন্ লাওবাম খুৎতদি কাওরক্‌ই

শোশোম্ন লাওই কোইরূপ, কোই
মিৎন উই লৈপাক্ মচু মাল্লি
মাসিদুর নূং হায়রিবসে ঐখোয়ন।
খংউ উরকৃই
পুন্নমক্কী অমত ওইব শক্তম, অম।
মশক্ মচু কন্ব খোৎপ
চপ মান্নপ্রে
তোঙান্ তোঙান্ব মশক্ মাঙখ্রে।

থরাইদগী নক্পচ্ন্স্ থরাইদগী লাপ্নদ লৈরম্রে।
থরাইদগী লাপ্নচ্ন্স্ থরাইদগী নক্পদ লৈরম্রে।

শুমি: অদুদগী
সংসারদ লৈরিব রামখুব পোৎরামসে
মশিংথিব ওমলক্লে।

ঐহু নংনি নংহু মানি
মাংগী নাপীমকাহু ঐনি
সিদ তারিব নাপীমকাসিনি
চংহৌরিব আদ মাহু।

ঐদি থাজৈ
চুম্‌ই মসি।

নোংম লোক্‌চপ্ত উনরব
ঈশঙ্‌ কারব নুংজাওত্রন
লাংলব সহরগী মীনিন্দগী

ঊরু কৌম্বক্‌খি

তাম্নব চিক্লবা থবাম্নগী লমদম্‌দ ।

কাওরু কাওথোক্‌লে ঐদি

অচুব —

মখোই মশেলদি কাওনরমদে ।

মশি চুম্‌ই ।

## কদায়দনো চৎকদৌরিবা

হৃষীকেশ অরিবম

কদোমদনো লম্বেল্সিন চৎকদৌরিবা—
মকম থঙদ্রব ঐগী পূম্নৌসে
লাও লমজাওঃলুরাউ ঐবু—
কাউথ্রবরা ইবেম্মা—নঙ ঐগী হৃৎশি রারী, নোংম থাবলগী— !!
মাঙদ থোক্লিব থাজ—ইংন পাইরিব নৈচিন, শংবায়ব অতিয়াদ—
থোংলক্লিব তাম্নান তাম তাম, উতুবীন তুং তুং ঙসিগী অহিংদ—
ঐবুদি তোয়ন হোদোক্লেনে—নঙবুদি হোদোক্ক্রা ?
পরতকী মেঙলব থাবল—হৃমিৎতুগী ইবানিগী হৃৎশি রারী—
কপ্প হায়বন কদায়নো—নোকপ হায়বন কদোমদনো
বিদায়গী হৃমিৎত মিংলুদগী পিগী ঊয়ান হিক্ হিক্ লাউহনথ্রবদ থম্মোয়সে
কোঙদোক্লগেদি মথল্লি—মিৎতন পিরাং, থম্মোয়দন অবা ময়চাক্

কাউক্ল কাউকরগ দুংশিরকৃপ, থম্মোম মমব মমচাক্লা ?
মাম্নকৈ অমরোমমদন অবা মমচাক্—ইথাদন ইচা
কপকে হাময়'স্থ কপভমদব করিনোনে পুন্নী'সিবো ?
মাম্নকৈ অমরোমদগী তারক্লিবন বাঁশী খোপ্পেন—
ভাইখো শুঙ্কংখিমু—কনানো ডুভীনি—
পুরগেরা ঐবু মনাক্ত—ঐবু ভাওরবরা
ভাইখো, ভরাং' মভালদো করিনো—থভুহোদন ভাল্লব, থংমুং মুংখিবা—
ঐগ নডগ নত্রা ইবেম্ম
নোকমিমরম্বদো জগংকী অরাব কাউথোক্ল—
ভসিনা নেংথংকে হোংনরিবরা মুংশিবর্ব করিস্থ নৈভবভম ?
হে ঈশ্বর, পুবিরো ঐঃ কদামদনো—তাকপিগেরা মুতানি নম্বীদো—
ঐদি মনাক্তদনি—ঐদি মনাক্তদনি !!!

# চৌরোল্লবী খুদোল

শ্রীনীঙ্মাই সিংহ

কনানো নিপা অচিকপদা চিংন থাথরঃ অথেংবদা
মুনা, মুম্না য়েংলগা অমুকমু হম্না চুপদু
ঙংশি ঙমদাই ঙমদ্রবি নিংথিবি কনাগী শক্তম্মো
লেং, লেং চৎনা নিংথিবি পরেংহুনা
লৈরেংবী কনাগী খুদোম্মো, ঙংশি মমি ছম্নারা ।।
থম্মোয় শোক্লা লোৎপনা পুন্সি রাশক য়াওত্রা
নংগী মওং উবদা থম্মোই ইরাং হৌনরে ।
পেংলবা অহিংগী অচিকপদা নত্তোমতা ফম
থুৎশেমগী ফজবা লৈকোনবু, লৈন কোইনা য়েং
কনাবু ঙাইবনো করিবু য়েংগগে
তাও হুপা—অচিকপা থুগাইরকলে থাবন্দা

থাবন মঙান লমহেনবি চেক্লা মাবু লংনক্লমালে
তামনা তামনা ভেংথালোন তারকলে
নত্রা, চেক্লাসে মপুরোইবা কাইনরবি
কৌর কৌর পাইত্রুনা থিরকলে মপুরোইববু,
কাইনরবি অসিনা নংগুম্না মৈপা লাংলবি ॥
হুংশিত্রা চেক্লাসে, মপু পান্দা মনাই গুম
নিংবা থুংদে মওংদা চেক্লা মানা থিরিসে
হুংশি লিচিং অমতনি মাস্থ নংগুম বারিনি ।
'মহু মুপা নহাক্তি নোংইন চেক্লাগী মওংগুম
থাগী অমৃত ডাইবগুম, নোংমগী মৈপা লাংলবা ।
তাওনে নিপা কৌরকলে অচিকপা থুগাইরকলে
কজবিহ্না কৌরকলে, লোইনমক লোইনরকলে,
নংনা পান্না তৌরবা তৌগে থন্র' চংলবা
নোংমস্থ বাহনথি,মহাক্লা লোইনমক লোইনরকলে ঙসিস্থ
ঙাওক্লনি চৎলুনি, শারুকনি, অথেংবদা বাথননা

নিংঙমদনা কবনা মথোইবু খাদোকখলগে য়াশকলা
করে নিপা—উদরা মাংশী' য়াখ কয়ানা
পুন্সি তোর্বান মক্তদা মক্তমশী ঈথক্কা কাবদা
নোক্লা নোক্লা খাংহুনা হুইনা চনবা মশানগুম,
পুন্সি মওং শেমলগা মাংহৈত্রবা মনিঙুম
তাইবং ইপাক্তা থমলবা, কল্লকতয়া পামদবা
হৃৎশি মাগী বাখল্লা খংহুমদবা উৎতুনা
মথোইগী শঙ তৌবনা বাখলবু লৌথোকহনবা
পুন্সিত্থদি শোইদবোই মাংশী অহাংবা লিক্লিগুম।
অমনা কংলকনি শোইদনা, ঐকং থাগী পুক্রিগুম
লৈত্রক চৎলা কংলগা কনানা নংবু হৃৎশিনি
বাখল সিবু কাওত্রবা বমকতা ওইগনি পুন্সিদা
অবা অনা কোক্কনি হৃৎশিবা মশাক থংগনি।

লোইরবা